# তাম্না-শৈরোল



## শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গায় নমঃ

পুর্ণিমাগী থাবু ওমজবা
মোমোন নোকপা মাইথোংনা
জগৎপু শুমহৎলিবা,
ভক্তশিংগী থমোইগী মণি !
[illegible] শচী [illegible]গী ফিজিগী লন !
[illegible]গী
[illegible]ংখিরিবা !
বৈষ্ণবশিংগী অমম্বা কোকপিরিবা !
হেঃ জগৎকী মপু !
শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু !
নখোং খুয়া থম্বালদা
হন্না হন্না খুরুমজরি !
"সংসারবু শান্তি ওইবা পিনবিয়ু"

এস, রুহিনীকুমার সিংহ।

ফোংদোকচবা

শ্রীমতি ইন্দু দেবী
মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

1st Edition 1966
*Copie* —600

 [ মমল:—লুপা ২ ৫০ [illegible] ।

লাইরিক মোথা দুকান খুদিংমক্তা ফংবিগনী ।

ওঁ শ্রীগুরবে নমঃ

গুরু ব্রহ্মা গুরু বিষ্ণু গুরু দেব মহেশ্বর
গুরু রেব পরম ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ ॥

---

## অাহৌদোক

শরৎ থাগী থানুংদা ঈংনা চিকপা অহিংগী
পূর্ণিমাগী থাজগুম মাইথোং মকা লাগজবী
পলেম ভারত নিংথিবী মুংশিবী ইমাগী সাগিত্তা
লৈকোলদা মপারি মমোমশিংগী ওই লাঞ্জরি
লেখক্কী অংৌবা খুদোল লৈরাং "তম্না শেরোল"
শৈরেংসি ।

লেখক :—

শ্রীএস, রুক্মিণীকুমার সিংহ ।

---

## ভারত জাতীগী ঈশৈ

— :(০): —

জন গন মন অধিনায়ক জয় হে! ভারত ভাগ্য বিধাতা!
পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাত, মরাঠা, দ্রাবিড়, উৎকল, বঙ্গ,
বিন্ধ্য, হিমাচল, যমুনা, গঙ্গা, উচ্ছল, জলধি তরঙ্গ,
তব শুভ নামে জাগে তব শুভ আশীষ মাগে, গাহে তব জয় গাথা!
জন গণ মঙ্গলদায়ক জয় হে! ভারত ভাগ্য বিধাতা!
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে!

শ্রীরবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

# শূচী পত্র

# তাম্মা-শৈরোল



## য়াকাইরো !

লোইবী শোরা চীং মতোন
স্না চীংদোম পোক্তগী,
মশেক মঙাল্ লোইননা
নোংপোক মৈরা পোক্লেম্বী,
মলং মুংশিং চৈরোইনা
কোরৌ নোংলোন চাকরাইরে।
ইমা লৈমরেন শিদবী
তাজিন কৈরা থক,
নমু তাইবং মীওইবা

ঈমুং ওন্না কে নখিবা
অয়ুক ওন্না কৌহোক্লে।
খোয়ুম কৌক্লিন তিংখোকপা
চীরেন লাংয়েন তরেৎমা
মৈরা তন্দুম ওই,
কুরুম চাওগী হিদেন্দা
লাইজ ঈরান ওালক্লে।
পজেম ওইবী য়াকা-ইন
মশাবী কায়না মৈশাপু,
খাবা কংলৈ মরান য়াই,
লৈমরেন রানা খাংলুবা ;
অহিং পুঞ্জা হো
ইমুং শোরা ওালক,
পোম্বী শৈশক তম্বাদা
চেকলা পাওজেল হৌবনা,
মরিং য়েনগোন কাইরৈচা
কাসান পাউতাক য়েমওাংবা
লোইমোম ফৌগো য়েনমুবা
খচেঙ কাইরৈ ময়েঞ্জা
তৌবোম মাম্বা ইরাৎ-য়েন
ছুমীৎ স্না পুরুম য়েন
মরিং য়েনখোন মুং

য়াকথ শিনথোং লোম
ই নুংবা থোক থোংবদা,
মুজা উয়া থোংশালক ;
শাবী নোংপোক নিংথৌনে
লৈমরেন নোংপোক পান্থোইবী
কোবরী শিঙ্গা পাইরক্লে ।
হেমচোং থোংজো চীং মতোন
লংমাই অমম লৈশালোক
শেনোই লমা হৈয়াই চীং,
চীঙু খোয়ুম লাইনিংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা,
কৌবা কানা লকা থোং
চীঙু লাইনা হোংলেম্বা
হোংনেম পজিন থেংথরে ।
থিংবাই নিংথৌ পাওহনচেক
হেম্বা মুবা পাওহৌচেক
ক্বাক্বা লাম্বাও চেলক্লে ;
কবো শোংগ্রী লোঙাকপী
চেকলা চাদি তেনরা,
ময়ুম অরা লমদমদা
ঈম্নুং শিঙ্খোং য়াকৈরে,
ঈম্নুং শোরা তৈরক্লে ।

ভাঙ্ৰা কুহু লৈভেংবা,
অরুংবা মঙাল মরক্তা
কেনা হায়নোক তৌরিবী,
রাঙম কোনখৈ অতাম্বী
ভম্বা মৈরেল তোমশাংপী,
কুরা চেংলৌ মাইথোংসে,
মালেম শাংনা উহল্লি
থমোই মকা লামহল্লি।
হোরো হোরো য়াংহৌরো!
গুরু থৌজান মারোক্তা
থমোই লাইদা কংনদি
তুমখুল হুল্লিবা তাইবং ও!
কোরৌ শিঙ্গা পাইহৌরো!
মতম্না অহন ওইগ্রগা
মিংচং উরোং খিলহৌরোই
পোকপা মহৈ য়ানঙমদা
নিংবা কায়না হমখিন।

*S. Ruhinikumar ingh.*

## তাইবং হৈরাং

হৈয়াই হৈত্রোই হৈনজোম,
চম্প্রা মালহৈ হৈজামপেং,
জাম কমলা কত্রংচাক,
পুংতোন হৈথুম হৈরাঙ্গোই,
কিহোম নোবাপ মোঙ্গামহৈ,
হৈনিং হৈবী মোতোক হৈ,
কুমগী নোংহৌ লাকপদা
পামেল মনা চোংদ্রিবৈ
হৈরাং মপাল নিংথিবী
তালা শিন্না পাম্বা হৈ
কালেন হৈখা শানাম্বী ;
মনা পুংবা পামেলদা
চরোং ওইনা পাম্বা হৈ,
লোইবী চাদি তেনবা,
পোম্বী মাগী চিন্দমহৈ
হৈরাং চুম্বা হৈনৌনে ;
শংদা শংবা মতাংদা
শংবান্নাবা শকওংনি,
লৈশিল্লাগা মওাংবা,
মুল্লাগনা মুশিন্বা,
খোমিং কাবী হৈয়েন্নে ;

হৈরাং কুচু য়েংলগা
ফুরাওনবী শকওংনি,
পামেল কোম্মা পাম্বা হৈ,
খোইথুমনবা পেদংপী
লোইবী থকী হৈরিংনে ;
নৌন্না থুমু হুন্নাগা
নিংথম কাম্বী উনগুম্বী,
হৈজিং মথেল ফারগা
কুহি কুম্বাল কুচুনি,
চরোং পাম্বী হৈমাংনে ;
শিঙ্গুপ শাবী মনালক
পামেল শিম্মা পাম্বা হৈ,
হৈরাং নব্রা মঙ্গেনে ;
তাওজিং মমুন ফারা
খোমিৎ কানা ককথাইবী,
শেম্বী চাদি কফোই ;
নব্রা খোইরেল হৈ,
চীঙু লাংনা হৈ,
খোইথুমনবা নমবোম্বী
হৈরেন তাওজিং হৈজাংনে ;
চাওদম ফবী মউদা
নাংকুনবা মনা লক

চরোং শান্না পান্না হৈ,
শংলগসু মশংবা,
মুল্লাগসু মশংবা,
শিন্না হাওবা হৈ,
হৈরাং চাদি চোফে’ন;
কবোশেম্বা মরৈবাক
ময়ুম অরা লমদমদা,
তম্পাক খুংনা প্যাম্বা হৈ,
হৈরাং চাদি ‘রাম্ববী,
চুস্ত্রে শোলোম হৈক্করা,
লফোই হৈনৌ হৈজুগা
হৈয়েন মালহৈ হৈক্রনে,
মলেম থক্কী হৈকোনুং,
তাইবং খুংনা শেম্বাকোন
হৈরাং চুন্না মপাল্লি,
তাওজিং মহৈ ময়াল্লি।
হৈরাং তাওজিং হৈওইবা
নমু তাইবং মীওইবা,
মালেম থক্তা হৌবদি
লিশিং লখা মনুংদা
অথন্নাবা অমনা
তাইবং মহৈ ময়াল্লি;
মমুল কাবা হৈরাং

চুম্না হেম্বা তাওজিং,
হৈরাং য়াম্বা মন্থুংদৈ
অমত্তুনা মপাল্লি।

*S. Ruhinikumar Singh.*

---



# থিজবা

—:(০):—



১

নুংশিংকুম মশক উদা,
খোংন্থাংগুম মফম থংদা,
থেঙারিত্রা থমোইদা !
লৈরিক্লা কোইবা স্নাগী থম্বালনি,
থমচেংথক্কী কোঙ্গোল থক
লেংশিল্লোদনা লৈতানা !

২

নিঙমদা পুক্নিংনা
কৌজবা চিংনা য়েং,
তাররোইত্রনে নহাক্না ?
কোরৌ সোংলোন থক,
চেক্না শাখপ তৌইবগুম
পুক্নিং পোম্বী পাইজরী,
নকায় ফমদি তমত্নুনা ;
খংদেদা কদাইদা থিরুগরা !

৩

লাংতাক্নারে পুক্নিংসে,
ঈফাইচল্লে রাখলসে,
উদবনা নহাক্না চেংলৌ,
তাদবনা নপাওখোল ;
লৈরকপস্নু লোইনদে,
লৈথোকপস্নু লোইনরোই,
মিৎচিনা অমুক্তা য়েংবিরম্মু !
পেঙ্গুগেনে থরাইনা।

৪

লৈরাং মপাল তাবনা
চোইচো স্না থোনগুম্বী,
মুরা লৈরাং শনারৈ,

মতারোইদি শিঙেলশিং,
নোক্না লৈশাং তমক্লে,
হরাওরিব্রা হিহোম্বা ?
চিন্বীদবা লৈরাংগুম,
কোনবীদনা মহাক্না
মাংখিনিদি র্বাদরা ?

৫

ঈঙৌ হুন্না খোঙকপা
ইরেং তৌদ্রি খোঙ্গেননা,
পুরকপা নহাক্নী, শকফন,
খংহৌদা তাররি থমোইদা ;
হাপলিবরা মৈচাক !
পোকহল্লিবরা খৌরাংবা ;
থিবা ফঙভারোই অরেম্বানি খংনা ।

৬

নংগী কোলোই মিংচং,
থাগং ইনিন খোল্যাও,
মালংগী ঈপোমদা তাওরকপা,
সুংশি লৈনম ওই,
মাইগৈ শিন্না চুক্কপা,
থমোইসি ঈরাং হৌজরে ।

৭

চিক্লা ঈহুল তমলগা
স্নাগী য়োহ্লিংনা পুলম্বা,
চাকচরবা থমোইসে,
লেঙমদরে চৎথোকফম খংদনা !
খৌরাংনা খাংজরেদা পু ক্লিংসে !

৮

মুংশিজরুবা থরায়না,
নিঙমদা কৌজবা অরেম্বা
হৌনা খোম্থাং য়ৈ ;
মরোল তরেৎ লাম্না,
য়ৌরিনি খঙ্গে পুক্লিংনা,
ভারিনী নিংজৈ রাখলনা,
খোংলোদনা নহাক্কী মুংশি বাঁশী ?
পেঞ্জারগেনে থমোইসে !

৯

খঞ্জরগা পামজবা,
পুক্লিংনা শেমজবা
থম্মোই লৈকোন্দে,
লেংজরে লৈখন নাইবা পরেং,
হুকচনিংখ্রে থরাইনা
চোইজাইনবা শমলাং কোন।

১০

ঙুংশি ন্নাহৈ খোম্ফন্না
হৈজবা শৈহেক শৈরাংনা
কৌজরি মাইগৈ খুদিং লেপ ?
শেঙ্গীরকপনা নভোঙ্গা হুঞ্জিন্নিং ;
পেনবিদ্রমু মিংঙ্গমল্লোই পুক্লিংনা।
কনাগী নতম্না খুমকাদগে ?

১১

শমু কয়াৎনা হিয়াংলা,
ন্নাকয়ৈ তোংজেং নৌরেল্লা
পোলেপ্পুবী পুক্লিংসে,
হে হিনাওশাবা থরায় ও !
কদাইদা থিরুগে খল্লিবা ?
লাইজনা চোৎলবা হিয়াংডু
কেমথরগা উনা উনা,
লুপথিনিকো ঈরোন্নুংদা,
ঈরাক্লাঙ্গৌনি নিঙমদনা।
কল্লাদনা থৌদাং ওইরফাও
নিংশদদি মথুংদ্রেদকো !

---

S. Ruhinikumar Singh.

"ঐ !"

—ঃ(০)ঃ—

কোংয়াং তোসেন য়াংখোইবা
পোম্বী শীংজা' নেৎথেকই।
মালং ইহুল অকনবা
লোইবী চীংনা মথিংই।
চোইনৌ স্না নিংথিবী
ভত্তনা হুংথং মচাইদো।
লৈশাং তম্বী থম্বালম্
মখোক তিংথং মপাল্লি।
"ঐ মঙাইরে খম্বসে"
কেমদনা তোকপা য়াওদেজা।
থাজ হেয়ী কনানো।
মরল লৈবনা কদায়নো ?
মাগী মতম লোইবদা
মতমনা লোইনা ময়োৎখি।

---

এস, কাহিনীকুমার সিংহ।

# ফৌওইবী তেংখাখোন

—ঃ(০)ঃ—

১

য়োইমনাই তাউদন অঙাম্বা,
মঙাং গুরু য়োইরেনবা,
নোংচূপ হারম পাংলক্লে;
শেম্বরকপা মঙাননা
চোইনৌ স্না লৈত্রেংগুম
তময়া কুচু ফেলক্লে;
লৈমরেল ফৌওই লাইরেম্বী,
শমলাং মুবা চোইজাইনা
নিন্দু ফান্দেং য়েনা তা,
লাংই চরৈ অঙনৌ,
লোইমোম পোপতেকনৌ,
তময়া হুইশোনলৌ,
মুরা খাম্বী লৌতাবা,
রাবা পন্দোম লোমলবোই.
লৌড়ি. কাতুপ থক্তুদা.
মুজা ওহাক পোখ্যাজি ৷
খুমন পাখং অথৌবা

নোংয়াই অকোংজাম্বানা
'তুংশি কাইহৌরবনা
তুরা থমোই খাওমদা,
পাখং ফিজি পাই
নোংয়াই কাদা তুংইনখে ।
মশাবী ইবুঙো খঙোইরোম্না,
তুরা মনেম মচাবু
শমু চেৎনা কোন,
চারগী পৌরোন শৎ
মরান য়াইদা পুশিনখি ।
তুরা ভাইচিং মেনচংনা
'তুংশি হেকমাই লিতিম্না,
চিরা ইহুল তম
য়াংগোই তিম্না' য়াত্তাখি,
ইনুং কোয়ৌ চুপ্পাদো ।

২

মতম খোংহায় জৈহৌদা
চেরা শীংজা মুখীনা
অয়ম থুমন য়াকাইরে,
হাওরৈ রাইবং পাংবদা
মোয়োন নোঙ্গা হুনক্রে

প্রজাপতিগী মমোলোই
মিংলেম্না উশা কৌজবী,
কাওরেন শম্বী পোপুলাক
ম্না পুম্থোং দোলাই থক,
হুরা হায়নোক তৌরক্লে;

হিঙ্গোল. খৈরোয় লালকপা
মোংবা মরাল য়ায়ত্তুনা
শেলুং হম্বা থুংলরে
নিংখৌ য়াথং তাক্লারে।
নোংয়াই নিংথৌ মকায়ফম

কোরৌ শিংবুম নিফুনি,
লালুপ থোদাং থৌগাইবা,
মশাবী ইবুংঙো অকোংজাম্বা,
খোংকাপ নৌরা হুনখরে,
শেলুং হম্বা তুংইন্না।

মশানৌ ইবেম্মা নুংশিবী
লোইমোম ফৌওই লাইরেম্মা,
পামু কাইনা মৈশা বাই,
নুংশি শেৎনা মৈচাকপু,
হুরা বানা থাংহৌরে।

৬

কৈলমরেন লাংওন চংখোন্বী
ফৌওইবীদি লাইরেম্মা,
মশাবী শেৎনা মৈশাপু,
মালেম তম্পাক কৈরেনথক,
নুজা রানা খাংহৌবা,
মপারী ওক্তা শরৈনা
লৈভাদবী পলেমশিং,
লমচৎ নাইদা মপুরোইনা
নৈখিরবী চনুশিং,
ইনাক কৈরাক খুন্বানা
ওৎপিরবা লাইরবা,
লাহৎলবা তমথিনা
মতম খুদোংথিবনা ;
লাইরমলেনগী থৌদোগা
মীরমলেনগা খেন্নাবা,
মুরা মিৎরেং শংথৈরুবোই
পুক্নিং উনগোই ফকমাঙনরে ।
"ওইজ থিবা হেনমজি !
লাইরমলেনদি শিগুম্মদে,
তাইবং পানবা অমদমসু

খেন্নাদনা মুংঙাইনা
পাখং য়োমলোই হৌ
মুরা য়োমদাং শাং,
চেংনা চান্না লৈমিন্নাবা
পামজখরে ঐহাক্তি"।
শিংগী থোইনা খল্লুবা
উন্বী পুক্লিং রাখ্রবোই,
লোইজিং লোয়া লমদমদা
মুরা কোইনা চং
মতম তোরৈ ঈথেকয়েং
শকওং হোংনা শাংচবী,
নিঙাইদবী মতারোই
মহৌশাদি নুংশিবী,
চাইথরকপা শমলাংনা
থাজ মাইথোং য়াইদা থুম,
ঙাম ঙাম তাবা তময়াদা
মুজা মাবু ঙাইরমবোই,
থমোই রাবা ফোংমিন্না
লেনথোকখরে মতমদো,
য়ুমগী থোদা পাইদরে,
লোইদাম থাবুম হেনখ্রে।

৪

মুরা মাগী মতৌত্র
মাংবা তারে খল্লোবোই,
নৈরাং মাগী ময়েল্লু
য়োইবু খোইমোম শীংজ্জাখোম্বীনা,
মুজ্জা খুজেং পাই
য়াকোল্লোইদা থিলক্লে
কোরৌ নারল চল্লাগা।
মনেম ইবেম্মা য়াইফবী
গোষ্টনা রাংচৎনবীনা,
রারক খোনবু হেক্তোকপী,
খৌখাম খোনবু নাচুংদবী,
পনম হেকমাই কাবী,
রাইনৈ চৎনদা থৌথিংদবী,
মীচমনিদি খল্লুবোই
খোংগী নাতে লোন,
মুরা মাবু ওইনরে,
চংহন্দরে মরালমুং।
"শাবী মাঙ্গা মুংশিবা,
থরেন নোংয়াই অকোংজাম্বা,
ইঙ্গং কোরৌ ঙাল্লাগা
নরান শঙ্গাই তমক্লানি,

তাম্না শৈরোল

মাজা য়াম্না তারগা
ইনাম লমদম পাঙ্গলিগে,
ঘাংলৈতবী ইনেমও !
চারগী পৌরোন শং
থোংজি মাতৈ কাংবিয়ু ?
ভসি ইমুং নিদমি
নশাইগোন্দা লৈক্লাগে ?"
খুদাং পিকম তৈ,
মিংলু লাইজ ঙৈরাহৌ,
হিক্রা ভেংথাজকবা,
ভাবিদরে কনানা !

৫

য়োইবু লোইমোম কৌওইবী,
লোইবী চীংনা নমকাওম
ভৌকম থনা য়াম্লকে।
লাঙ্জা খুমকম অকারকম
থুমন লঙৌল হুংহুনা,
ইন্নং লেনগে চওক্রে।
শম্বাশিঙ্গা লোংনা লৌও
লাইরেম্মানু ভাম্লকে,
খুজা পুক্লিং নুংশিবোই

"কাওরেল শন্দ্রি নখোইগা
খোয়ুম লাইদ্দ ঐখোইগা
য়েংথিননা য়েম্মে ইসি।
নখোই চংবা ইমুংদু
খোয়ুম ওইবা ঐখোইদি
অফ-মৎয়েং শাংথেরোই !"
মুক্বা শাপাতি তৌরমলে।
ঐচিন লোকপা মশাইজিন
কাইরৈ য়েনগোল মুংহুদা,
মুজা ইমুং লেল্লারে।
অহল ওইবা কাইরৈবা
মমা শককুম কোনবিথি।
মুরা পুক্লিং লৈতাবোই
নমু তাইবং মীথৈনা
য়েনবু য়েঙ্খিলং থারবা,
খোয়ুম নৈশা কোকসমু,
অরা শেন্না পানসমু,
মুজা বর পিরম্মী।

৩

ইমুং কোরৌ ভালক্রে
কোমখো ফুজা মুংদৈ
কোরৌ ভাম্বা লময়াক্রে,

অয়ুক থোদা পাইনরে
তাইবুং ওইবা মথৈনা।
থুমন শুমাং মথৌবুঙ,
য়োইবু কোনখৈ অতাম্বী
লোইমোম ফৌওই লাইরেম্মা,
নুরা শাউনা লেপ,
মনেম ইবেম্মা খয়োইরোন
য়াংলৈওম্বী চনু মাং,
চরৈ নমখাং কলম্মা,
ফৌরেন নোইনিঙ য়াঙগোম্বী,
চীংগুম হাগুম পৈরমলা
শাওনা থোইনা থোংশানখি।
মিৎলু লাইজ ঈরানা
কুমগাংদবা কুমজিন্দা
লাইজ মানা ঈহৌগুম
চেন্না চেন্না ঈপোমনই,
উম্বী পুক্লিং নুংঙোন্না
মপাম লমদম পাংখরে।

৭

য়াংদৌ লম্বী লম্নখাং
মশাবী অকোংজাম্বগা
থুমন কংলা পুংদগী

লমঙুকনরে ইন্নকপাবা
মশানৌ খুজেং পাহি
ইজা মাবু থামমকপা।
"পলেম নমা ইবেম্মা
ইনৈং লাংঙন 'চঙবোবী'
মীথুংলবা উজাঙুম
চংহবাদে নরানয়াহি!
থুমন থমদোং যাইতোংবা।
থংলেন মাঙ্গা পামুবা,
শাবী ইবুংঙো 'সুংশিবা
ইপাম লমদম পাংজগ্রগে?
'সুংশি' থাইনা মৈশাপু
লৈনজরুগে ইরানয়াহি
লৈবাহৌরো ইবুংঙো!"
সুঙাইতনা হিক্কা কপ
সুরা মপাও মেলমলা
য়াঙমদনা' চৎত্রে।

৮

"শানৌ ইবেম্মা সুংশিবী!
সুমা "ইনেম 'মচাঙ'!
পামৈল "উত্রেং যাজি,
মালেম" থক্তা" চাতলবী,

পোম্বী তোক্তী হুমাইপান,
চোঙারাবা চেক্লানা
জোড়া তাবা য়েমৌবা,
নাইতোম ওইনা চাক্লাংশুম:
নশাবীবু হুনদোকলম
লমদম কৈদা চংতুনা
চাক্লারুগে খঙ্গিবা ?
কাংলন কোরৌ মায়োকয়া
লৈরাং হান্না শাংপা নৈ
লুপা পাথাং য়াইড়ুদা
শমরু লৈনা পান্না নৈ,
নোদা নৌবী তনৌবী
শিনৌ লৈবাক লৈগুম্বী,
লৈরাং ওইবী ইবেম্ম ।
তুজা খুজেং পাই
খজাই লেংলোই চুপ
ইশাইগোন্দা পুশিনগে ।
খুকউ লৈদা তা,
খুবাঙ চাংজৌ চেপ,
হায়জরুগে পলেমদা,
তুরা নাবু য়ান্নাবা
ভাইখোগবা নুংশিবী !

শানৌ ইনেম মচাও !"

৯

"শাবী মাঙ্গা পামুবা,
থংলেন য়ারা নুংশিবা,
ননাগী থরায় ইমিরেন,
তাবিয়নে ইবুঙো ?
য়াইবী থরায় মঙামক
কৎচবনি নখোং খা !
মুঙাইবদা য়াওমিন্ন',
অরাবদা য়ামিন্না,
লেঞ্জগেদি খলম্বী
ননাও ওইবা চন্নুনি।
তাওজিং হৈগুম শিম্বী !
ঙাইরোং শিংগুমশাবী !
ইনেম থমোই কনমল্লী
শমকক লোনগী হৌমিন্নাবী
য়াচু লোনগী কামিন্নাবী
থুমন চন্নু ময়াম মাং
তাংজ মইবু পুঙমদা,
হুয়াই শেনগোইরে !
তাইবং নোংশা পান্দা
ননাও লৈবা ঙমজরোই।

ইপাম লমদম সোরারেন,
কোরৌ তাচিমৈদা
ননাও য়াখোকচরগে।”

১০

মুরা মপাও মেল্লিউ
নোংদোন ফিরুক হাংলরেই,
কোরৌ নোংল্লোন পান
ঔরি কৈরাক থাৎক্লে.
কোরৌ নোংথাং কোন
রাংবা নোংলোন থক্লবু.
কাপ রাইরাং হৌরক্লে,
খোইংৌ কজেং নোংথাংলৈমনা
খরং হায়নু চেকপু ওই
মুরা মাবু চিংখৎখি।
মুঙ্গা নোংদম থিরবী;
লোইমোম কৌওই লাইরেম্বা।
মশাবী ইবুঙো মুংশিবা,
খুনফাংথোগী য়োইরেম্বা,
নোংয়াই অকোংজাম্বাবু,
মিৎলু লাইজ ঈরানা
মুংশি রাখৈ নরমলা
মপাম লমদম পাংখরে!

মশানৌ ইবেম্মা ঙ্গুংশিবী
ঙ্গাওম কোনথৈ অতাম্বী,
ঙ্গুরা ফৌওইবী মগুংলাং
খুমন ইঙো য়াইফবা,
ঙুংশি মৈত্রেং রাইবদা
খাইনা মৈচাক পুঙমদা,
মাইথোং থেঙ্গুম লাং
ঙ্গুরা মাবু চিংনা য়েং
চাক্লা চাক্লা লৈহৌরে
মপাম খুমন লৈবাক্তা।

---



এস, কাহনীকুমার সিংহ।

# কদাইনো লেংদবা !
## কদাইনো অরেগপা !

—:(০):—

খোক্লিবা থমজাসি,
তাররি লোংমদি,
মকুম থানা লোইরবা,
লোংদে.ন অতিয়া মক্যোইদা।
ঙাঙ্লবা কোরৌসি,
মুংলনি অমুক্তি,
মালেম থকী চাংজোলা,
অহিং মতম ময়োকপা।
শাংলিবী শিঙেলসু,
পোমলিবী নৈরাংসু,
ফেলনি নোংমদি,
লেপ্তবা মালেম থকসিল্লা।
কদাইদনো অরেগপা !
কদাইদনো লেংদবা !

---

এস, রুক্মিনীকুমার সিং

# নিংতম্বা

—ঃ(০)ঃ—

চোঙা চরোই খম্ব্রাংচাক,
উরিৎ খোইনিং তেনরা,
ৱাবা উরোক উরিৎশেক,
নোইনিং থঙ্গোং ঈরুপ্পী,
য়েন কাকয়েন উমাইবী,
খরং শেম্বাং উতুবী,
চেক্লা মাবু উরগা
লৈবাক খুদম ওইনবা,
ভারতকিনী খংনবা,
শুক্লা মংবা নোংহৌদা
চেক্লা তোইনা খোংবাচেক,
পোম্বী ৱাহোং নিংথিবী ;
ঈম্নুং কোরৌ ঙালমদাই
ফুম্ব শারেন য়াংবিদা
তুম তুম য়াকৈবী,
লোক্তাক উথুম খোম্নৌচা ;
নিংথম কোম্না য়াইরেক্লা

চেক্লা শক্তি লোৎলুবী,
কালেন ইনুং চংবনা
পোম্বী য়াম্না খোম্হোকপী.
মুংশি খোঞ্জেল পাওদম্বী,
কালেন চেক্তি কোকিল ও!
লময়েন শেন্দাং উরেম্বী,
ক্বাক কাওঙা থোইদিংনম্ব,
ওারক শুম্নিৎ খরাওবী,
উপুম খারা মৈতুঙঙা,
পোম্বী চাদি চিঙ্গাওবী
নাম্না কুচু মুবংবী,
চেক্লা শাখপ খোম্হোকপী,
চীংগী পোম্বী লাংমৈদোং ;
চাউদনা খোঞ্জেল মুংশিবী,
নোংদোল থাজ মাইয়োকপী,
চেক্লা কোইনা খুন্দাবী,
নোইন পোম্বী খোম্লোবী ;
শংনা ফেনবা লোইবীচা,
পোম্বী খোম্হোক মুংশিবী,
চীংমুং চাদি তায়ানে ;
ওানু খুনু পিথাদোই,
তিঙডি পিরেল লোকলেম্বা,

পোয়রোম উকাই শজাংচেক,
উরোক কোম্পা য়াইরেকপী,
লেমহৈদ ভাম্না পুকশরী,
চেক্লা মুখী উমানে;
চীংলা তোংবা লোইমানে,
লমহাং তাম্বা লংজানে,
মোংশোং শুংগী পেখেংনে,
শকলোন পুখী চেক্লাশিং,
খোংহোক য়াম্বী পোশীশিং,
মনিং তম্না খোংজরি,
লৈকোল খুদিং কোইনা পাই,
হৈকোম খুদিং কোইনা তোং!
মিংখা থুংদবা তাইবং ও!
থুজনা হুমগে থনবরা?
খোংজরম্মু নমিংতম!
শকচরম্মু নখোঁপোং!
লৈজবা খোমা নহাকী
কংখোকলবলো নজাতিগী!

---

Ruhinikumar Sirgh.

# লমলৈ

—※—

নোংপোক ভারত ক্ৰিদাইনুং
পোইরৈ তাম্বা খুন্দোম্নুং
চিঙ্কা চিংপা লমদমদা
চিংশঙ্কুনা শাংলিবী,
চোইনৌ স্না পুন্থোং পাশ
লৈমা থমোই লাংবী মরনউন
লৈরাং থম্বাল ওইরিবী,
পল্লেম ইমা অপোকপী ;
শংনা রাংবা লোইবানা
পলোন নাইনা পনশারী,
'পারি মদোম মরাম্না
চুংবু টাবু হুক,
লোইবী কোয়না পণ্ডাক্লী।
চীংগী লৈরাং উথম্বাল,
লোইবী লৈরাং চীংথাওলৈ,
লুপা শেম্পাক থক্রুদা
স্না কোঙোল খিল্লিবী
লোমা শামজি ওয়াম্নারৈ
শিঙেল কোলোই নাগেশ্বর ;

পাৎকী লাইজ ঈয়াইথক,
য়েনশর্ম চরাং লক্কু দা
নোঙালয়দাই শজিকশা,
লৈনা লৈয়াং তমলগা
লাইজ তমফা ওইরিবী,
শিংঙেল নরা থারিকথা ;
ইঙা থাগী ঈহৌদা,
ঈপাল থাগী লোকয়াইদা,
মালং ঈপোম লক্কু দা,
পাৎকী লৈতেং ওইরিবী
শংবা ভৌবা থরোলৈ ;
তমগী লৈরাং শিঙ্গারৈ,
ইন্নুং লৈরাং থাবল্লে,
চুম্না নোমনোম শাৎলিবী,
পলেম লৈতেং মওইরি।
মুংশি চাওবী ইমাগী
পারি থৌবা পাথৌও !
য়াইফরেম্বী মমোমলোই !
লমল তোলি কাউববা !
মাতৃ শেবা চোংথোকউ !
থোমলাং লমল পলেমগী
শিংলমথোনে থৌনা উৎ !

এস, কহিনীকুমার সিংহ।

# খেল্লবা !

—:(০):—



শিঙেল শকওং য়েংলা
নরা খুৎশা মওংনি,
হুরা বুচু য়েংলা
স্না লৈত্রং ওমজবী
পামেল থকী লৈহাওলৈ,
লৈরাং মনা তাবনা
য়েংপু তেমজিন মান
শিঙেল রূপান তাবনা

চোইরৌ স্না লৈত্রংমান
পোইবৈ তখেল ঙান্নাবৈ
শিঙেল নগা তখেন্লে,
লৈরাং মপাল ত্তাবনা
স্না চুম্বুল মান্বা লৈদু
ক্যাম্বা মংশা খুঙমলৈ,
তৌবান চুথেক ঙান্নবৈ
মোংশোং হাপুং শাবালৈ
লুপা চাইশেল য়াইহুদা
স্না কোঙ্গোল থিম্বা লৈ,
তুরেল চাদি হমক্রুলৈ,
শিঙেল মপাল ত্তাবনা
লোইবী কুচু লময়োবী,
লৈরাং মউ য়েংল্লা
ফৌদি পাদোং মান্নলৈ,
মনা ত্তারু হায়রা
কবো লৈত্রেং লৈকানি,
শজিবু কুমদম লৈ
লমফেল নরা কোম্বিরৈ,
শিঙেল মউ য়েংলা
মরিং ঙেকা মান্নালৈ,
লৈরাং মপাল মিংথিবী

লুপা শেঙ্গোই মাখীনি,
মেরা থাম্নুং কোম্বা লৈ,
লাইজ নোংহৌ মাদা লৈ,
পামেল শয়ি থেমজাথক
শিংডেল কেনা ওংবা লৈ,
কাকলৈ শারা চয়েোং লৈ ;
মনা শংনা অরুবী
য়েনশিন চয়োং শাবা লৈ,
শিংডেল লৈশাং তমল্পা
লুপা কুচু লময়োৌবী,
লোয়া পামদি ঙাম্নাবৈ,
পামলৌ লক্তা হৌরা
তম্পাক থুংনা কেম্বালৈ,
শিনৌ নরা লশিং লৈ ;
লাঈজ মাখী ঈয়াইনুং,
নিংথম কাম্বী লোইরা
শিংডেল নৌনা থুমু ছন
অয়ুক ওন্না শাংপা লৈ,
ঙাংবা কুচু লময়োৌবী,
ঙৌবা কুচু শংদবী,
চোইনৌ স্না পুস্থোংপান
খেঞ্জোং খাগী থম্বালৈ ;

মঙ-তালা উঙ্গি ওই
চাওথোই পামেল ভেমশি.বী,
শিঙেল শকওং য়েংলা
আবের কুচু লময়োবী
লৈরাং চয়োম শা
শিঙেল থম্না শাংচবা
কোড়ী ফুদোংলৈ,
শেম্বী লৈরাং মনাম্রৈ ;
মপান তাবু য়েংলা
পুক্নুং থয়ো মওংনি,
মলা তাবু হায়রা
হোরাই থাংপাক মাম্বালৈ,
মুঙ্গা চরৈ তাবুকনুং
শিঙেল কেনা লেঙবী
লুজয়োম ওাঙ্গী কেতুকী ;
লৈরাং লৈচলও
মালেম থুংনা মহৌম্নি,
ফুমগাংদা মশাংলি
অচৌবনা কনানো
অপিকপনা করিনো
খেন্নাদনা মহৌই
হেন্নাদনা মপোমই ;

নমু তাইবুং মীরমদি
চাওজনিংবা মটেথনা,
য়াংজনিংবা কাংবুনা,
খুদোং চাবা য়েংবদা
অচেংবদা পাইহনা,
মপুগী খুৎশেম তাইওনহল,
শাগৈগীদি মীকাহন,
য়ুনমাক্কীদি মীহৌহন,
মীংগোগীদি করামহল,
মতু শোম্বা কাংলুপ্ন,
অপিকপদি মশেমই।
খুদোং ফংবা কাংবুনা
ওইজরদা মতাম্বা,
অচৌবনি মচোংবা;
করি শাজৎ কৌবাগে ?
মতম তোরৈ হোংবগুম,
অপিকপাস্ত চিংখৎলো,
অচৌবস্ত খাইরস্ত,
ফৈরা থোংদি মাম্না,
নমু তাইবং মীরমলেম
মুংঙাই য়াইবী মরাং কাই
হুরাওনদি পানসিদা,

S. Ruhinikumar Singh.

## "থাবাতোম্বী"

—:(০):—

১

নিংথম কাম্বী চণ্ডক্রে অরাং থাঙ্গ নাপোমদা
লোক্তাক লাইজ মপান্নি, লোইরোই ওাম্বা তময়াদা
মুরা কুচু য়েংলা লৈহাও লৈরেন ওমজবী
মুজা চেংলো নিংথিবী পূর্ণিমাগী থাগুবা
চোইজাইনবা শমল.ংনা তাংজ মুবী মশক্লী
মিৎস্না তাবু য়েংলা য়ারো শজি মিৎতানি
মুরা চিম্বা‌ল তাবনা ৱারক তয়ান মুনগুবী
খোড়ি চ.কয়োং তাফবা তও লিক্লি মতানি
পামলো চাদি মুংশিবী লফু নেম্বা মওংনি
নান্না কুচু ওোজবা তনখংল চপা থুবোম থক।
পামেল তালা উথম্বাল মুরা ওানা ফমলিবী
পাঙ্গারকপা মমোমলোই লৈগাং থাবাতোম্বীনা
"করি পাম্বে লৈরিবা ? নিবা করম থুংসিবা"
মওল মওল খন্দুনা মুঙ্গা ওইবী পোথাগী।
থম্বো হেরা মাঙ্জবী পুমবুম তাবী খুবোমদো
লাইজ মুদা লুপশিল্লা নোরেলগুম্না শান্নারি।
লোক্তাক খোম্না শিংলিবী মালং খোংহায় তুংইন্না
ইভো কথা ইপোম্না ঈখক নাইনা মকারি।

কেগে মোইরাং মচানা তোংজেং খুত্রা পাই লোক্তাক য়াইদা হোল্লিবা, উকাই হিনাও পরেংনা লাইজ্ঞ খক্তা মতাওর। লৈথরকপা কোরৌনা কোড়িগুম্না মতাংলে। লাংজ পাবা লোক্তাক্তু মা কুচু ওইরক্লে। মুরা শমু ফৈবোমথক খুৎকী খুবোম খুনিংথন, খদাং খুংনা শোঁ, রাথল ঈরৈ তমথিবী লৈশিলকপা মতায়েং রানা লুম্না খঙরি। নিংঙাল রাখল হৌজফম খোইমু ওইবা মশানী, তুংদা ঙহাক লেপ মুরা শকওং য়েংলম্বা তপ্না মোম্না চংঙক্লে, মতম শকওং য়েঙম্বী মশুংলাগীদমক্তা রাজরবী মুজাগী, মুরা মিংম্না নিংথিবী লোম্না খুপ্না খুমলুরে। মোইরাং চমু ইবেম্মা পামু খঙ্গা মনিদো, মুরা থমোই থাজদো মশাবা ইবুংঙো মুংশিবা পামশবনি খংলবোই নিংঙোন থমোই লগাদো মুংশি লাইজ ঈহৌরে; "উদ্রবমু থংজেয়েঃ মাঙ্গা কোলোই মুংশিবা! থংলেন ওইবা পামুবা! পুঙমদনা খাংজবী কাইনরমদাই থমোইসে ঙমদনবা কাউজবা মুংশি ঈনোংপিবরা!" মুরা য়ারা মতাদা মণনৌ নাক্তা ফালর "মুংশিনবা হায়জগী কাইনবনা মহৈরা?" হংলুবমু খোইরানা।

"মতু ওইদে হাইজদে সুংশিনবা কয়াসে
থুংনবদি থরদা কায়নবনা য়াম্বানে"
থুমজরগা পাওথুমদো মোমোন নোকপী মাইথোংগী
খোইখোইবীদি মিংচিনা পমু মাগী মকাদা
পুক্রিং পামজা ফোংদোক্না শঙ্জগুন্না থকচানা
চিংনা চিংনা য়েং সুবা শমু নঙ্গলদো
ঙাথরকলে তম্পাক থক, মগ লেনদি মহাক্কি।
তাম্না নায়ৈ খোনগুনী নিঙেল যাক্না শমললকই
"বিধিনা শিন্না মহৈসু ননাও খোইনা খণ্ডদে
কেগে থাঙ্গাবকপা অঙম্বা ঐবু পোকপা পম্থোনা
পাখং কাদা থজবা যাদে হাযনে পলেমনা।
পোইরৈ ইম্ফাল লমদমদো চংনিং চংনিং চংঙমদে
ফনা ঐগী পুক্নিংনা পাগজরুবা লৈবাসে
কান্নাদবা অরেম্বা লৈংথোই শেক্না সুমফমদি
নিংখাইদৌগী ঙাইরেদা রাজরেদা থমোইসে।"

২

"থাবাতোম্বী সুংশিবী ইন্নাংলোনগী ইবেম্মা
নপাবুঙ ইবুংঙো য়াইথবা খল্লিসিনা করিনো
অচুক থমোই কম্বাগী মরম করি লৈবগে
হায়গবা সুংশিবী?" পাখং মখা তাকখা

মোইরাং চন্থু ইবেম্মা নুরা থবাতোম্বীদো
আগ্নী মাঙ্খা পুমকুপ্পী মোঙ্গরবী খুৎশাপা
ভগ্না নোনা হাইগৎলক, মশাবীগী চিন্থানথু
নুরা খুৎনা নানবিরা য়ারা ঈপোম নাইরকই
"ঐবু পোকপা পম্বোসে খেইনা ফত্তা নত্তেদা
য়ায়েন থৌরম মতুংইন পিনিংলম্থু য়াঙমদে,
মমুৎ তানা য়েংলগা তশেং তশে হায়রদি
ইপাম কেগে মোইরাংগা পোইরৈ মৈতৈ লমদমগা
শয়েং পাম্বোম ঙ্ময়বা যেংশিন্নবা লৈবাক্কি।"
"করি হায়বা নুংশিবী ! মহু করম খনসিগে
মঙ্গা ইবেম্মা তম্ফাম্না লৈমা য়োইরেন ভোম্পোকপী
মৈদিঙু থাংবিলাম্থাবৈ য়েইহৈশেম্বী ওইরিসদি
করি কায়বা লৈরিবা" হায়রুববু অমুকস্থু;
"মহু থৌদোক মতানা লৈবাক অনি তায়শিন্না
লংদাই ওইবা য়ারোইদা ?" খুমন্জরগী চন্থুদো !
"অহু অদা খল্লামু চৎলশিনে নুংশিবী
ইম্ফাল পোইরৈ লমদমদা। ঐবু নুংশি' শেৎলবা
মথা অমুক তারমু হৌগৎলোনে চৎলাবী !"
মুঙ্গা খুজেং পাই, চিংখৎলুরে মশানৌ'।
পাখং য়ারা নুংশিবা নুরা থিংবা ঙমজদে
মশাবীবু চিংবায়েং উকায় হিনাও থক্তুদা
নিঙোল ওইবী কাখৎলে মপাম লমদম থানোকলম

লোক্তাক ঈয়াই শমতুনা মুরা পাখং হোলক্লে।
থিনা তম্বা নোংদোমখোন মোইরাং লোক্তাক ঙাংপনা
ফাখরেদো অনিদো পুশিনথরে বন্দি ওই,
কেগে রারক শং, মোইরাং কৈশুম শংতুদা।

৩

লোইনী শোরা চীংদগী, কোরৌ ঙাম্বা হুনক্লে,
লমগী লাবা থবোম্বা শামম্নাবা খিন্দক্লে
তোকপা কাম্বা গৈফেটীং পাম্বা শারাক তম্নাবে
পাবোংচাংগী চীংমাইদা শাঙাই লাবা কাওবারে
খোংফাপ রাইরা তেনকাপ্ন থেবা পাওজেল লয়য়ারে
পাইনং লৌড়ি মশোইনাং শাম্বা য়ারেল তম্নাবে
রাংলেন পুংজা হেংকিবা ঙাম্বা নোংদেল করক্লে
তোমাল পুংজাও থিম্বনা কেগে মোইরাং
কলা চোম্না তিংরদো। মোইরাং চৈরাপ হঞ্জবা
কেগে কুচু শপ্লাকপা পুথেরক্লে অনিদো।
মোইরাং ঙাম্বা মনিংথৌ চিংখু নহা তেলহৈবা
স্না তাবল থক্তগী শুক্র শাউনা লেখংলে
"মৈতৈ 'ঙম্বা অথৌবা! কেলোই নংগী পামশবা!
ফনা থৌনা লৈরিদা! কেগে মেইরং লৈবাক্তী
কলা ফমনই অঙম্বা থঙ্গারাকপৈ মমোমবু
তাক্তনা হুগে তৌরম্বা! কল্লি! কল্লি! অথৌবা

লোইন খমইন লোইনবা কংলা কোইনা ফমলিবা
অঙম্বা ময়াম লক্তগী শামান্নাবা খঞ্জরো।
নখুৎ খুৎলাই পাইরোলাও! নংগী নহৈ চাংয়েংজৌ!
'নাইপাকপা ওয়্গা পুজখোদা নশানৌ
পাঞ্জরুচো নরৈবক। ঙমদা মতাং থোক্লগা
নোংদন খেন্নি খন্দোকউ।" লাউরক্লেদা তান্নবা।
খম্বা মথৈ খল্লুরে ন্নরা মশুং লাংগীনি
পাখং ওইবা নিংলুবোই, থাংলেন খুত্তা পাই
কংলা উএা মাংহ্নদা চেংখোরক্লে পামশবা।
নিংথৌ য়াইদি ফনদোরোই লাকপা লাকপা ফম্নাইবা
কেগে চম্বা অঙম্বা মোইরাং লালোই হম্বা ন্নং
মীনাই চম্বা খাদ্রাকপা খুৎলাই পাইনা থোরক্লে
কেগে কংলা মাংহ্নদা চাইনথরে অনিদো।
সিনা লাকচি হায়ঙমদে। ন্নংথিল ওইবা মতমগী
লৈথক্লে পুংফমদো মোইরাং খাদ্রাক লালোইহন
মীয়াই হেন্বা ফমনাইবা পাখং মাবু য়েংলকপা
চিম্বাল মথক থবনা মুবা শম্ন থুংলিবা
খোঁরী চরম ময়াদ খম্বী মৈনা রাইবগী
খুদম শানা লৈরিবা মথং মথং য়েংলুবা
অঙম্বা মনা পোকচবা মপারিবু নিংশিংবোই
"ইচা মাম্বা ইবুংঙো! পারি কোগে পামশবা?
ঐনা পোকপা ইচানে অনিশুবা ন্নংশিবা

অঙাং নল্লা ওইরিবঁ ইতাও ইবুংঙো য়াইফবা
খুমন ফমদৌরেম্বা মন্ত্রীনা মচা পোক্তে হায়তুনা
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নিংথৌ থৌদা লাকপদা
য়োকচরুগে পুখিদা। নমা ইহেম্মা সুংশিবী
মোইরাং চম্মু ওইবীনা, মতমবাক্তা পমলিবঁ
নিংথম কাম্বী মৈতিক্তা ফুঙ্গা মৈহুম পাই
নল্লা নংনা শান্নবা মৈগী মৈহুম রাইবদা
খৌরী মৈফম লৈবনি। পারি মান্বা সুংশিবা
নংবু ওইদ্রা খল্লকই, কনানা পোকপা মচানো
হায়ুগবা ইবুংঙো ?" নিঙমদনা হংজখি।
"মোইরাং লালেই ফম্নাইবা কেগে খাদ্রাক অথোবা!
অঙম্বা ময়াম য়াওরেদো মোইরাং নিংথৌ য়েংলেদা
স্না মাংদি অসিদা নমাই খুনি খম্বদা
নমথাক তৌবা রাহৈনা ঐবু মোইথেম তৌবরা ?"
পামশবনা খুম্লক্লে নিঙাইদবা রাহৈনা।

৪

"করি! করি! পামশবা! নংগীদমক হায়বনি!
য়ারবদি নথ্নাইতু কনবিগেদি খম্বনি"
হায়রমলগা অনিতু য়ান্নখরে অমুক হন।
পুংজা মথং লালকপা কোরৌ নোংচুপ পাংখরে
কুইদা কুইদা মতাংদা শরূ নৌবা কৌবনা
পামশবাতু শোম্বরক লোইনা লোইনা খাঙক্লে।

অঙম্বদি খাদ্রাকপা খুহ্নব চেংনা পাইরিবা
মচিন তুম্বা থাংদোন্দু মপারি মশক উবদা
য়াম্বা থিম্বা ওমদরে; তাঙ্গা ফংবা কয়াম্নু
অরেম্বদা পাদোক্লে। মরক মরক অহুদা
তুমিন তুমিন লেপ রাখল মফাং খন
লৈথোকইদো খোনাইদা। খুদোং চাবা মতাংদা
থাংগী থাংদোন অগোবা থবাক থুম্না থিনখরে।
মোইরাং লালোই কম্নইবা খাদ্রাকপদি তঙম্বা
কংলা উত্রা মাহুদা মপারি চিংনা য়েংঙল্লা
লফু মতুপ তাবগুম মালেম থক্তুনা তুখরে।
মোইরাং নিংথৌ পুরিংলই চিংখু নরা তেলহৈবা
খোইজি ঈথক তৌরেদো রাবা মখে রারুরা
পামশবাবু য়েংহুনা মরি মখোং হঙকপা
থুকউ লৈদা তাহুনা য়ান্না মপাও তাকলকই
“কেগে মোইরাং লৈবাকসে পেরুফম্নি ঐহাক্কী।
খাদ্রাকপনা পোকপনি। খুমন মন্ত্রী ওইবনা
মচা লৈতে য়েকখিদা। পোইরৈ ইম্ফাল লমদমদা
নিংথৌ থোদা চৎপদা লৈখিদরে নাহুনা
য়োকচবদি পন্থোদো। খুমন ইরম হন্দনা
মৈদিঙু ম্না কোম্নুংদা মজা ইবুঙো থংবীলাম্বাবা
হরাও হুংঙাই লৈরুইদা। য়োকচবদি পন্থৌনা
পলেম পম্থো অনিহু লৈখিদরে হায়নবু

তাকপিরম্বই ঐঙোন্দা। মতু য়াবু খল্লুবা লাকচদ্দেদো লমদমসে কেগে মোইরাং লৈবাকসে পোক্লফমদি ইরমসে" পাখং য়াল্লা তারগা নিংথৌ য়াথং থারক্লে "কেগে কংলা ফনলিবা মোইরাং খাদ্রোক অঙম্বা, কুমজা অম্লুক কুইবসে অতুম ওইতুনা মরাক্লি। থোইনা শিন্বা লৈখিদে শিখি নাখি য়াওখিদে। মপারি ওইবা লুংশিবা থুমন পুংদা লৈখিবা মশক মুন্না খংদ্রম্ব ঐস্ন তাখি মতুদি। নংবু য়োকপা পন্থেনা লৈখিদরে হায়বত্ত নংনা পাঙ্গল চাওরগা থাদোকলমদ্রা খম্বদা মিনম্ববু শেমতুনা হায়রম্বদি ওইরমনি। ঐগী য়াশক মতু ইন পুক্নখোকো নশানৌ থাঙ্গারাকপা মমোমলোই লৈরাং থাবাতোম্বীবু।" হায়রমলগা নিংথৌতু অরা পিরাং শিন্থনা খাদ্রোকপবু য়েঙমলা কংলা উত্রা শংদগী লেংশিনখরে শঙ্গাইন্নুং।

৫

অহল্লুপ লাকপা পামশবা মঙাং ফমদৌরেম্বা অথৌবা মপানি হায়বা খংবদা চেনশিন্দুনা কোল্লগা নোংখোংগুম কপখরে। নিঙমদা রাহৈ কয়ানা তেংথা নাওই খোঞ্জলনা থবাক খুদম শুতুনা

কপথরেদা পাখংদা "ইপা ইবুঙো মুংশিবা
নোংদমথিবা অপোকপ ! পম্বৌনা শেংনা হায়ববু
লমহৈনবদি নচানা মীনম্বনি খল্লুইদা !
নশক উরগা অপোকপা ! হরাওজবা পামজবা
পামশরাদি নচানি ভুসি পিরাং শিম্থরে !
করম্ব বিধি নো দমখোন থৌদোক অসি থোক্লবা
নচা খোই পুডমদা ঝারেবা অপোকপা।
পঙো য়ারা মুংশবা থমোই শোক্লা ঙাখিবা
খোঙ্গাং য়ৈরে মালেমথন য়ৈরেরেনে লকাদা।
পম্বৌনা পোকপা নচাবু মীচাবোক্তি ওইহল্বা
করি মুঙাই গ ঙৈবগে তাকপিয়ুন অপোকপা !
অমুক রাবা থৌদোকসে তাইবং কনাদা থোক্কবা
পুহন্নবগে থৌরমবোই লাইবকথিবা নচাদা।
ইপা ইবুঙো মুংশিবা ! নচাগী ইরাল ঙাকপিয়ু।
পম্বৌ নখোং কোন্দুনা কৌজবসে নচানা
তাবিয়ুগবা অপোকপা !" মালেম থক্তা ওন্দুনা
রানা তেপাজখি। মপাগী শমু হকচাংদু
জঙ্গল থক্তা পেংখৎলো হোজ্জাক খোংবাল তমখরে
মদোম তরক চৎখরে। মশনৌ ইবেম্মা মুংশিবী
মুরা থাবাতোম্বীবো মশাগী তুং ওইনা
তপ্না পেলি ইঙ্গখি। মুংশাংরাইগী মুমিৎতু
ঙাঙ্গা কুহ্ কেনবদু লোইবীযুংদা চংখরে

অমম্বনা য়াকুমলে। উকাই হিনাও থক্তুদা
থাঙৎচরে মপাবু ঈয়াই তম্না গোনখবে
লাইজ ঈথক খাইদুনা। কাওদোন হিজিন অত্তুদা
রাস্থু কৈস্থু ঙাংঙদা তুমিন চিবোন ফমজরি
ইরাংলোম্বী চম্নু দা। অহিং নাবল চনবদা
নোংপোক মাইকৈ থংবদে থাজ মঙাল ফাওরক্লে
লোক্তাক ঈপোম নিংথিবী লুপা লাইজ ঈবিরে।

S. Ruhinikumar Singh

---

# "মেঘ-দূত"

—ঃ(০):—

১

স্বর্গ' অলকাপুরদা পানবা—ধনপতি কুবের' শাপ্না
নোংদমথিবা যক্ষনা—স্বর্গগী নুংঙাইবা থাদোক –মপুন্সিগী
লোচনবী—নুরা মনেমমচা কাযনা—বামগিরি লোইবী তময়াদা--
মাদাম তরক য়াইরেক--থাংজরি শাপকী চৈথেং।

২

যুইনা হৌবা নোংলক্তা—লাঙ্গোই মোইশা লুরাংবা—
লৈচিন শিফা শকওং উরুবা—চকনোম থাম্বী মৈত্রেং রাযগুম
—খাযনা মৈচাক্লা থেংলবোই—অলকাপুরদা লৈহৌবী—নুবা
মনেম মচাদা—য়ারা মপাও তমলুনবা—পাওজেঙ্গরি যক্ষনা
—থাংঙমদা মৈচাক ফোঙদোক্লা।

৩

নোংমদোনথক্কী লৈচিলও—'রামগী খুযা থম্বাল' শোকলম্বা—রামগিরি তুংওই নাতৈনরমল।—জানকী ক'য়না মৈশানা—লাইজ পিরাংহৌ—তন্না মৈচ'ক খাংলম্বা—রাংবা তপ্রকৃই লোইবীদা—পে'খারম্মু ঙাহাক্তুং। নর্ম্মদা নদী ঈচেল কনবী—তমলেন ঈরাওখোন' লোইনা—থেক্লা খোইনা ঙাথেংলম্বা—বিন্ধ্যাগিরি য়ৌরু।

৪

ঙশাক পুঙ্গোই লৈরা—মালেন' নিংথিবা য়েং-খোংকাপ নৌরা হুল্লা—তম্ফা লিক্কোই থিনবী-চোইনৌস্লা পুনগুম—তওঙ্জীং মরৈ ফাবী—থকলেন চাইজী হৈরাচান—মুরা শাবাল লৈতেংবী—শেনবী তয়াল হৈগুম—থাজ চিনগোই প্রকৃতবী—দর্শনগী লোইনাই চকশিং—য়েংনা য়েংনা—মালবকী বিদিশা কোন্নু লোমদা—লৈচিন নহাক্কী মিৎমৈ লৈশিল্লম্মু।

৫

থেক্লা খোইনা চেল্লিবী—রেবতী নদী নিংথিবী—ঈচেল তপ্পী খোংচৎয়েং—উজ্জয়িনী মিৎয়েং তাখো। চাংক্কো পাবী নির্বিন্ধ্যা—খোংচৎ যাংবী গন্ধর্বতী—লাইজ খুজোক থন্না থক—অন্নাবা পোকথোকউ।

৬

মপাল লৈরিক লুপনিকপা—লুপা পাথাং মান্না লৈ—শরোং তময়াৎলৈ—মুরা শাইনোন ঙান্নরৈ—গুলাপ লৈরাং মুংশিবী—শিঙেল হায়না শাৎকুম্বী—মশাবীশিংগা য়াঙ্গোইরুবী—য়োইবু মুয়াম শাফবী—তম্বা হেকমাই মীমুংওন-লৈরাং তোমশাংনবীশিং—য়েংনা য়েংনা—মুংশি লাইজ খুজোক থন্না থকচিনখো।

৭

পুক্লিং মকালাম খোংশান্বনা—নিংথিবা দেবগিরিদা
পোগারম—দশপুর নগর য়ৌরু। মন্দাকিনী ঈচেল ঈথেক
তুংইন—পোইরৈ অরাং পাংখৎলা—পৃথাগী মচা পার্থনা
মঙাল তাবা নিংথৌশিং—চাইনা খেংগ্রেং হানফম
কুরুক্ষেত্র লমজাওদা—ঙহাক কুমথদম্মু। উন্না কুপ্না হিমালয়
চাংদোল—মথং মথং লান—ক্রৌঞ্চচীং তুংগী নাতৈরমলো।

৮

হৈরেম পোম্বী লোবলোখোং লৈতাংশেৎবুকেক হেবলা
নমঙৌবনা—পোম্বী য়োমদম্পে য়াকারকপ —থাশেঙ্গোইরেন—
মালেম লাংজথৈ—নোংজা নারন চলমদাই—নোংচুপ
লোইবী তম্বদা—লুরবা লাইজনা পাবদা—মানসসরোবর
লাল—মহাদেব জতা মঙালনা—কোরৌ মশেক ঙাহবা
—কৈলাসগিরি খুরমমু।

৯

অলকাপুরগী হাওরৈলাইনা পাবরা—বাসন্তী কুপ্ত লৈকাললুং
—ঙান্নু কাঙঙা মপৈনা—কেনা নিঙাইদা শান্নবা—লাইজ ঈয়াক
পুখ্রি নাক—লৈবনি ঐগী য়াইরেক শঙ্গাই—মপাং কাইনবগী
থঙ্গোংগুম—উবা ফংগনি ইশানৌ মু শিবীদে।

১০

ঐগী হিঙ্গোল খরাই থোঙ্গান্দে—চে ইনৌ স্না লৈত্রেং বুচু ঙমজবী
—নরা খুৎশা তনৌবী—থোড়ু চেংজা মুঙনবী—শানৌ ইমানমচা
পামুবী—লৈরাং মকাইফমদা! "লোইদাম থাজ মার মঙাইরে—
কায়না মৈচাক খা গদবা—উন্নরণি বসন্ত ঈথৈরক—
শাপকী মতম লোইরগা" তম্বিরু লাবন চী শাং থোইরেনহিগুম
—শোইদনা হে নোংমদোলথকী লৈচিলও।

---

শ্রীসোগাইজম রুক্মিণীকুমার সিংহ।

## শৈরেংশিং অসিগী
## ছাপা লানবা অমসুং বাৎপা চুমথোকচবা

| অরানবা— | লামাই | পরেং মশিং | | চুমথোকপা |
|---|---|---|---|---|
| নাংকুনবা | ৬ | অরোইবা ২২ | — | নাকুংনবা |
| থোঙ্ফম্না | ১৩ | — ১ | — | থোনফম্না |
| অঙনবৌ | ১৫ | — ১০ | — | অঙনবৌ |
| পোপতেকনৌ | ১৫ | — ১১ | — | পোপতেকনৌ |
| শংথৈরুবোই | ১৮ | — ১৬ | — | শা্থৈরুবোই |
| খল্লোবোই | ২০ | — ২ | — | খল্লবোই |
| হাংলরোই | ২৭ | — ৫ | — | হাংলবোই |
| লাইরেম্বা | ২৭ | — ১৫ | — | লাইরেম্বা |
| কৎথোকলবনো | ৩২ | অরোইবা ১৮ | — | কৎথোকলমলো |
| লোইবানা | ৩৩ | — ৯ | — | লোইবীনা |
| লৈত্র্'মান | ৩৬ | — ১ | — | লৈত্রেংমান |
| নগা | ৩৬ | — ৩ | -- | নরা |
| শংদবা | ৩৭ | — ২০ | — | শংদাবী |
| য়ুনমাকাদি | ৩৯ | — ৮ | — | য়ুম্'ক দি |
| থাগুবী | ৪০ | — ৪ | -- | থাগুম্বী |
| য়ুনগুবী | ৪০ | — ৭ | — | য়ুনগুম্বা |
| লাইজ | ৪১ | — ৪ | — | লাইজ |
| মশবা | ৪১ | — ১৫ | --- | মশাবী |

---

---


*Printed* :—at the MANIPUR GITA PRESS, SINGJAMEI.